# থাগৎ ব্রাহৈ

লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা Education Department (s) না ফোংনবগী শেলগী মতেং থরা পাংবিব্রকপগীদমক অমদি Script ওইরিবিদা মতেং পিবগী অয়াবা পিবিরকপা reveiwer শিংবু ঐনা অমুক্তম্ থাগৎচরি।

বীনাপাণী থোকচোম

# " উতাংবী "

মুপীশিংবু পাঙ্গল শোনবী কৌই। উরীগম্ভ চাংদম্লে; মীওইবগী পুন্সি হায়বসি অমনা অমবু শৌগৎনবগী তঙায়ফদবা লৈ। মুপী-মুপা অনিগী তৎন-থানদ্রবা মরি অদুনা মপুং ফাবা পুন্সি ওইহল্লি। হায়রিবা ব্রাফমশিং অসি ইতিহাসনস্থু অদুম হায়। হৌজিক্কি চাওখৎলবা অনৌবা যুগ অসিদস্থু অদু মঙায় মুপাস্থ মুপীদা তাংজৈ মরুম থুপচৈ। অশেংবা উতাংবী কনানো লাইরিক অসিবু পাবীরিবা মহাক অদুনা পুথোকপিনবা থমজরি।

বীনাপাণী থোকচোম

# "উ-ভাংবী"

## অহানবা পন্দুপ

থারিক চহি নিকুনি খর-হেল্লম্বস্তু য়াই অত্থবু লৈশাবীদি লৈশাবীনি। চহি খর লিবশিদা মীনা লৈশাবী অয়িবী হায়নবগী হ্নানি মাইদি করিমতা থুইদ্রি। প্রোতিন ফজনা চাবনিনা কুচু কুমেন থোকই। লুমাংগী পোক খরহু য়াওরমত্রবদি কনাস্নু করিস্নু হায়নরোইদোবনি। মশক কা হেন্না ফজবমক নত্রবস্নু য়েংবদি য়াই শেঙ্গোয় শক্তানি। পিশক পিল্লিভৈদগী হৌনা লাই-রিক য়াম্না ফরকই। ইনাক কৈরাক থুনবা মচানি, কেথোক মৌথোকপদি ভৌদে। মথোক কারকপা মতমদা লাইরিক লাইশুদা মপুং ওইনা হোৎনরকপনিনা মুংশি সুংগুন খংলক্রে। মমা মপা লৈরিভৈদা য়ুম পানবগী মরমদা য়াম্না থম্ময়স্বহুস্নু লৈত্রবনিনা য়াকমহু ফনা য়াম্না থাম্না লৈখ্রে। মমা মপা অনিগী অপুনবা মুংশিবগী পাল্লবা ইপাক্ত পিশক পিক্না মথন্তু শাৎচবী থারিকথানি ৮ ইঙা থাগী ইমায় চোনবা ঈশিংদা কয়াদি মুংশিখ্রে শংবানবী থারিক অমথক। হুজিক্তি থারিক ভাইবংসিদা মথন্ত ঙায়হৌরে। য়ুম-কৈ পানবগী য়াকমস্নু কনা অমতনা হৌদোক্কে। ওকিসার অমস্নু ওইরবী থারিক্না মশাগী য়ুম পানবগী মরমদা কনাদবু হৌদোক্লুনি। লুখ্রা ওইরবী নিংথেমচা মযুম ওংবুবী মনেমসিঙ্গ অমগা লৈমিন্নৈ। মনেমসিনা

তুমিন তুমিন শোল্লি "কমদৌদৌরিনো চহিদি আ য়ৌশিনখ্রে" ফোংনা হায়বদি ঙমপোৎ নত্তে। তুমিন্না লৈগনবী থারিক্ল ইমুংগী মী অয়াম্বগা য়াম্না লাপনৈ। মুংগী ব্রা থংবা য়াম্না লুনা থোকই। ইংখোলগী হৈপাল্ল লৈপাল মখোং শেম্বা এঙ্গাং নাপি মখোং শোম্বদা থারিক পুক্লিং চংই। করিগুম্বা ব্রা ঙাং-লকপা তাববস্তু ইংখোলগী পাম্বীশিংগী ব্রা ওইনা তৌই।

নিতিগী ইংখোলদা ঙহাক চংলুরগা ইরু মাইথজরগা ওফিস মতম চপ চানা কাই, গাড়ী লাকপদা করিগুম্বা থেং-লবস্তু মখোংনা হেক্তা চংখি। সনা লুপা পিক থন্না লৈরবস্তু কেবা মৌবা হৈত্তে, সনাগী লৈত্তেং অমতা শিজিন্নদে। অদুবু মতম্না পুশিল্লক্তুনা লুমাংদা পোক চবুল অমস্তু হৌগৎলক্লে। মনেমসিন নোংমস্তু হায়—

" ইবেম্মা শম মুনবা হিদাক্তো খর লৈবকউ "

থারিক্লা করিমতা খুমখিদে। ঙহাক ঙহাক্কী অশেম্বা তৌশিন্নবা পোৎশিং অসে চংনবা য়াদবা কান্নদবনি হায়বদৌনা উই।

ঙসিস্তু নিতিগুম গাড়ী লাক্লে। ঙসিদি সেক্রেটরিগী কাদা মিটিং লৈ। পুং তরা চপ চানা তাবদা চংই। প্রোজেক্ট ওফিসর নহা অমগা সেক্রেতরিহুগা কন্না লাওখৎনরমই। সেক্রেতরিনা

" নখোয়গী (রেষ্ট-দিশত্রিক) অসিনি খ্বাইদগী থবক তৌদব ঐনা থা অমগী মমাংদগী রিপোত কৌখ্রবনি।"

" ঐগী ঈসতাক লৈতবনি একাওনতেন্ট মুপি অমা লৈম্বিরম্বি লৈতবগা চপ মান্নে। হান্নদগী মুপি নংতবা অমা থাবিরকই হায়না ঐনস্তু কমপ্লেন্ট তৌজখ্রবনি"

থাবিক চঙলক্লপগা ফমুদি ফমথরে। ঙাঙনরমলীবা রাকম অদু করিনো হায়বস্তু হায়ফেৎ অমা থঙলে। ঙৈহাকী মতুঙদা মথং মথং ওফিসর অমা অনিস্তু য়ৌরক্লে সেক্রেটরি হৌগত্তুনা থোকথি ওফিসর নহা অদু মথরাই ইমুং মুংঙাইতে হৌজিক্তি মাগী মরূপ থরা লাক্লবনিনা মথোয়দা অমুক ওনসিন্দুনা ঙাংবা হৌই।

" সারবু মুপীশিংশে থবক অমত্ত ফজনা সুবা ঙমদে ঐ য়াম্না উরবনি ঐখোয় করি তৌনি থুং তরা পানবস্তু নক্তেদো টাইপস্তু তৌবা ফাইলস্তু স্তুবা সহিস্তু তৌবা কনানা ঙমদৌইনো সেক্রেটরিনা মরোল অমা চৈরিবা।" অতোপ্পা অমনা অমুক থুম্লকই-

" চুমদি চুমই ভাই, মুপীশিংনা থবক অমত্তস্তু য়াদে মোজ্জা থরা লোন, শিংজু বোরা থরা চা ঐখোয়গী ওফিসতাস্তু তাইপপিস অমা য়াওরি কাস্তু কাগনখিত্রবা হায়রুরে মচা নাই থরা হায়, মাগী নিপা নাই থরা হায় উপাই লৈত্রবনিনে ঐসে অমনা অমুক শস্থরকই

" থরা হায়রুই শুৎ-শুৎ থক্লা কপ্পি মুপীদি রিসপোন্সিব্লীতি পুবা থবক অমত্ত তৌবা য়াদ্রবনি অদুগী মহুত্তা মুমদা কোন কেংরা অঙাং লোবা অহুনা খ্বাইদগী ফবনি। তৌবা অারবস্তু রিদো নত্রগা মিসনা ফরবনি।" রা অসি হেক তাবদা ফম্লম্লিবা

তুমিন তুমিন শোল্লি " কমদৌদৌরিনো চহিদি আ য়ৌশিনখ্রে " ফোংনা হায়বগি ঙমপোৎ নত্তে। তুমিন্না লৈগনবী থারিক ইমুংগী মী অয়াম্বগা য়াম্না লাপনৈ। মুংগী ব্রা থংবা য়াম্না লুনা থোকই। ইংখোলগী হৈপাল্ল লৈপাল মখোং শেম্বা এঞ্জাং নাপি মখোং শোম্বদা থারিক পুক্লিং চংই। করিগুম্বা ব্রা ঙাং-লকপা ত্তারবস্মু ইংখোলগী পাম্বীশিংগী ব্রা ওইনা তৌই।

নিত্তিগী ইংখোলদা ঙহাক চংলুরগা ইরু মাইথজরগা ওফিস মতম চপ চানা কাই, গাড়ী লাকপদা করিগুম্বা থেং-লবস্মু মখোংনা হেক্তো চংখি। সনা লুপা পিক থন্না লৈরবস্মু কেবা মৌবা হৈতে, সনাগী লৈতেং অমতা শিজিন্নদে। অহুবু মতম্না পুশিল্লকুনা লুমাংদা পোক চবুল অমস্মু হৌগংলক্লে। মনেমসিন নোংমস্মু হায়—

" ইবেম্মা শম মুনবা হিদাক্তো খর লৈরকউ "
থারিক্লা করিমতা খুমখিদে। ঙহাক ঙহাকী অশেম্বা তৌশিন্নবা পোৎশিং অসে চংনবা য়াদবা কান্নদবনি হায়বদৌনা উই।

ওফিসু নিত্তিগুম গাড়ী লাক্লে। ঙসিদি সেক্রেটরিগী কাদা মিটিং লৈ। পুং তরা চপ চানা তাবদা চংই। প্রোজেক্ট ওফিসর নহা অমগা সেক্রেতরিহুগা কয়া লাওথখনরমই। সেক্রেক্তরিনা

" নখোয়গী ( ব্রেষ্ট-দিশত্রিক ) অসিনি থ্বাইদগী থবক তৌদবা ঐনা থা অমগী মমাংদগী রিপোত কৌথ্রবনি। "

" ঐগী ঈনতাফ লৈতবনি একাওনতেন্ট মুপি অমা লৈখিরম্মি লৈতবগা চপ মান্নৈ। হাম্মদগী মুপি নৎতবা অমা থারিরকই হায়না ঐনস্মু কমপ্লেন্ট তৌজগ্রবনি"

থারিক চঞ্চলরুপগা ফমদি ফমথরে। ভাওনরমলীবা রাকম অহু করিনো হায়বস্মু হায়ফেৎ অমা শঙলে। ভৈহাকী মতুঙদা মথং মথং ওফিসর অমা অনিস্মু য়ৌরক্লে সেক্রেটরি হৌগত্তুনা থোকখি ওফিসৎ নহা অহু মথরাই ইমুং মুংভাইতে হৌজিক্তি মাগী মরুপ থরা লাক্লবনিনা মখোয়দা অমুক ওনসিন্দুনা ভাংবা হৌই।

" সারবু মুপীশিংশে থবক অমত্ত ফজনা সুবা ভমদে ঐ য়াম্না উরবনি ঐখোয় করি তৌনি থুং তরা পানবস্মু নত্তেদো টাইপস্মু তৌবা ফাইলস্মু সুবা সহিস্মু তৌবা কনানা ভমদৌইনো সেক্রেটরিনা মরোল অমা চৈরিবা।" অতোপ্পা অমনা অমুক থুম্নকই-

" চুমদি চুমই ভাই মুপীশিংনা থবক অমত্তস্মু য়াদে মোজা থরা লোন, শিংজু বোরা থরা চা ঐখোয়গী ওফিসতাস্মু তাইপপিস অমা য়াওরি কাস্মু কাগনথিত্রবা হায়রুরে মচা নাই থরা হায়, মাগী নিপা নাই থরা হায় উপাই লৈত্রবনিনে ঐসে অমনা অমুক শস্থরকই

" থরা হায়রুই শুৎ-শুৎ থরা কপ্পি মুপীদি ক্লিসপোসিন্নীত্তি পুবা থবক অমত্ত তৌবা য়াদ্রবনি অহুগী মহুত্তা মুমদা কোন কেংবা অঙাং লৌবা অহুনা থাইদগী ফবনি। তৌরা অরেবস্মু রিদো নত্রগা মিসনা ফরবনি।" বা অসি হেক তাবদা ফমুম্নিবা

মুপাশিংদো য়া লাওনা নোকই। মখোয়না থারিক্ত য়েংলগা হাক্সরকই.

" ঐখোয়গী মরক্ত লেদি অমা য়াওরিবশি শাওরক্লনি শাউবিবা য়াদেকো ইবেম্মা থারিক। অমনা অমুক হায়রকই মুয়া খল্লগদি মুপাগা মুপীগা য়াইত মাল্লবগা য়াব পোৎনভেদা।

থারিক :— অতৈ-অতৈদি খওদে ঐনা হায়নিওবদি মতিক চাত্রবা ওফিসর শিংনা মাগী মাগী ইসতাপ কনত্রোল তৌবা ঙমত্রবদি প্রোব্লেম ওাক্তা থোরকনি।

থারিকনা য়াকম অসি অগুকী মতিক ওপ্পা হায়রকপনি। তৌগুস্সু মতুনা ফম্লিবা অতুম মরি অতুগী মনাকোওদা হুক্তুনা চওথি মচিন তুম্লবা তাগুম য়ং হুৎচিনথি। অতুদগীদি য়া মথা তাম্লখিদ্রে চেক মোক লাওনখিদ্রে মিনিট ১০ মুকী মতুংদা সেক্রেটরি হল্লক্তুনা মাগী ফমফমদা ফনপ্রে ওফিসরশিং মাগী মাগী চে-চাং পুথোক্তুনা উৎনরে চান্নুংস্সু থক্সরে থক্ল থক্ল সেক্রেটরিনা চংলক্লগা ঙসাইগী য়াফম অতু অমুক হৌদোকররকই :—

" লান মতুংদা সরকারগী লোইশং কায়ামক্মদা মুপীশিংগী মশিং য়াম্না থবক তৌনরকপশি অফবনি। চাংচৎ অমদা য়েংলুরবদি মুপাদগী মুপীনা হোৎনবা কল্লি। খুদম ওইনা হায়রবদা ঐগী ইচা মুপাগা মুপীগা' গুম য়েংবদা মুপানা মুংঙাইবা পামই ইজি লোভিং ওই মুপীনা খাঙবা কল্লি থবক সুনিংবা হেল্লি।

ওফিসর নহা অমনা অমুক হায়রকই।

" সার ময়ুমবু পাল্লবদি মুপীশিংসে ইকসেল্সি য়াম্না য়াংলি "মখোয় মশা-মশাগী হান্নাজৈরম্বা ইফিসেন্সি অমদি কেলিবরসি য়ুম পাল্লবা মতুংদা মতৌ করম্না কদায়দা মাংখিবা হায়বসিগী মরমদা ঐখোয়না থিক্‌ম থোকই। হায়বদি মরম অমদি লৈক্‌ম থোকই হায়বনি।"

সেক্রেতরি :— রাইত-চুমই শোইদনা মরম লৈক্‌ম থোকই। অদুবু ওসিদি য়াক্‌ম অসি তোক্লসি হয়েং কোন্না খন্নরসি। ছুজিক ঐখোয়গী থবক্ত অমুক লাক্লসি। মার্চ ফাইনেল য়ৌত্রিউৈদা হায়রিবা থবকশিং অসি ঐখোয়না লোয়গদবনি ঐখোয়না তৌরিবা থবক অসিসু প্রজাগী সেবানি। ঐখোয় পুম্নমক সরকারগী রিপ্রেজেনটেটিব ওাক্তনি প্রজাগী য়াইফনবনি।

মিতিং অদু সেক্রেটরিনা ভাসন খর পিরবা মতুংদা কায়নরে। ওফিসার পুম্নমক মাগী মাগী গাড়ী তোংদুনা হন্নখ্রে। থারিকসু মাগী গাড়ীদা কাখৎলে। থরায় হায়ফেৎ মুঙায়তে ইশ্বরনা শোৎথনা শেমলক্লবা মুপি কাওলুপনি অদুবু মতিক চানা মহৈ মশিং হৈরবা অসি ফাওবদা শিংথানবা লৈতে। গাড়ীগী খোঙজেল হেঙ্গংলকই। থারিকী শিংলিনা চেল্লিবা ঈচেলগী খোংজেলসু হান্নদগী য়াঙবা হেঙ্গংলকই। থারিকী কোক্ত য়াহুং কয়ানা পাউথুম য়াওদনা ওংদুনা লৈরে। শোরোকী নিল খোংবা মরক্ত গাড়ীনা লমথুংকম য়োনবা চেন্নশিল্লি। খোয়দৌ শাওগৎলবী থারিকী মাংদা লম্বীদা মুপি কয়া মওং কয়াদা চেৎলি পোৎলুম

শুবী লন্গোন ইত্তিক চৎলিবী ইমা ইবেলশিং সাইকল লুনা, ইসকুতার থৌরিবি মুপি, শোয়োক্কী চীদায়দনা শান দুকান ফম্নীবী মৌ নহা মুপী হিংনবদা হোৎনবদা অমদি মচা মশু য়োকপদা মথোয়গী শরুক চাওনা য়ারি।

অদুবু ঙসিদি মিতিন অদুদা থারিক্লা য়াম্না শেংনা মশামক্লা তারকলবনি, মুপি হায়বসি চুম্নগী ইমুংদা লৈদুনা অঙাং য়োক্লবা নত্রগা মুপাশিংগী সেবা তৌনবা তিল অমনি মক হায়ত্রবসু প্রমাম্না হায়িবগুম্বনি, হায়সু হায়ব্রে মুপিগী মরমদা থিজিনবা হায়বসি থারিক্কী থবক্কী হায়না মহাক মশামক্লা খনজবা হৌরে। থেংনথেংনবা মুপিশিংদা মথোয় মথোয়গী তোঙান তোঙানবা আইডিলশিংসু থম্নবা হৌরে। ইহান হানবা ওইবা মাগী ওফিস অসিদা য়াওরিবা মুপিশিং অসি হান্না চাং য়েংলগে লেপ্লে।

মথংগী মুমিত্তা থারিক য়াম্না ঙম্না ওফিসতা লাক্লগা অচঙ অথোক তৌনরিবা থোঙ্গাললোমদা য়েংহুনা লৈরে। খায়দগী ইহান হাম্না কারকপসি চম্প্রাসি অহনজাওনি। অহানজাওনা ইহান হান্ন তেবল চৌক্রি তৈথোক খোতোকপগী থবক তৌরি। অহল অসিনা ভাব ইতা তাদনা থারিকতা হ্নারি শাব হৌরি।

"ঙম য়োবিরক্লেদা; লুকাসু হাবিক্লেদনা"
"খুরা ওফিসতদি দরকার লৈতবা হ্না শংঅং ঙাংবা হ্নাদে থবক লোয়রগা মপান্দ থারিবা চৌক্রি অসিদা ফমদুনা লৈগদবনি। হ্না ঙাংবা তারবসু ঐনা হংবা অদুদা খুমগদবনি"

"মচুগী রাচু ইবেম্মনা নহাক অমুকস্থু তাকপিগ্রবনি"
"হন্দক্কী অমুক কাওরম্মু খুরা অশোমদা চংলগা থুপি লোয়না
কারক্লবা খরা য়েংলু"

ঙসি থারিক্তি ইহৈ হৈনিংদবা মতৌ অসিদা চম্প্রাদিস্মু ইঙক
ঙকই। মথংগী কাদা ময়াম পুল্লপ ফমলি। রিতা, কমলা লৈশাবী-
নি ললিতাদি মৌনি থেংগনবস্মু মানি হেড কলাক মা লাওরকই

"ললিতাদি য়ৌরক্লি হায়স্মু খুরা"

চম্প্রাসি তম্না হল্লকই। হেড কলাক কৌরৈ। হেড কলাক
তুদা থারিক্লা তপ্না তপ্না হায়—

"মুপাশিংনা পাইরিবা ফাইলশিং অচু মুপিদা লোয়না পায়-
হনসি অচুগা মুপাশিংবু রিশিপ ইশুদা ফমহল্লু থেঙনা কাব
মীশিং এক্সন লৌথৎকদবনি।"

হান্নগা ইমান মান্নদবা অকনবা রা খর হায়রকপা অসিদ ঙসিদি
ওফিস মনুং অসি অমগা অমগা ওনশিন্দুনা মুরুম মুরুম য়াম্না
ঙাংনরে অমনা হায়—

"ঙসি করি লাই ওক্ররবাজাংনো"
"পাখং শরি অমা ওক্ররব্রা কনামা খংবা—"
"লৈশাবীনা কুইনা ময়ুম পান্ত্রগা ফবা হৌনদে—"

পুং তরামাথোয় থর হেন্নকপা মতমদা ললিতা সাইকল কয়া থৌহুনা য়র থবেৎ-থবেৎ হোন্দুনা লাকই। সাইকল থম্নগা মান কা মম্নুং হেক চংলকপদা ময়াম রা লাওনা নোকই। লৈরমলীবা মথোয় ময়ায়া মান মান থোকপ ঙাংই

রিতানস্থ ঙাংই

"ইচে — ললিতা লাক্লবনিনা মী সুরে হুজিক জন গন শকপা য়ারে। চংউ ওসায়দগী নঙবু ভায়রিবনি ওফিসারনা"

"থোয়দৌ শাওগৎখ্রেদা ঐবু কৈদৌনা ভায়রিবনো"

"নঙগী থোয়দৌসে মুংতিগী শাওগৎলি। নোংমতস্থ থোয়-দৌ শাওগৎতনা ওন্না কারকউ ইবুং চা লৈগে কৈদৌগে। নঙ অসিনা থেঙনা লাকই অহুস্থ হয়াও হয়াও লাকপা নত্তে য়েংউ রিতাথোয়দি নোককেং তৌনা লাকই।"

"মথোয়দি লৈশাবী ওইরিয়ে অহুননি ঐথোয়দি উকায় তকপা লোয়রগা থাদোয়কপনি।"

ওফিসারবু য়াওত্রবদি কা মম্নুং অসিদা মাগী মাগী মোত ফোংদোকপা নত্রগা কাগী তৌনবদা কৈস্থ চীংনদে। নোংমগী পুং মাপলদগী মরি মথায় কাওবা হুমিৎ থুদিংগী লৈমিন্নবা অসিনা মরম ওইরহুনা অমনা অমগী মওং মতৌ লোয়না থংনৈ। ইমুং মম্নুং অমতগুম মচীন মনাও পোকমিন্নবগুম মুংস্থ মুংশিনৈ মাগী মাগী ইমুং মম্নুংগী

ন্নারি লোয়না শিংনান্না খংনৈ চম্প্রাসি অঙাং ঙাওসি তলপনগা পি-কপগা মচানাগা ম্নাম্বনে অয়াম্ব মতমদা অয়ুক চাক থোংদবদগী চাক চাদনা কারকই। মানা মাগী চন্না হেনবসি কনাদম্মু খংহনিংদবনি অহুবু মুপি খর য়াওরিব্বসি মুমিং খুদিংগী করি এঙ্গাং চারকই হায়হুনা তকহুনা হংবিবদগী খঙথি, মযাম্নস্মু মাগী ন্নারি খংবদগী লুপা মঙা মঙা খায়নরুদনা চেং ন্নাল্লু পি। অস্মম্না ওফিস হায়বসিদদি করিমতা লোংনদবনি। মুপিশিংগী মখোয় মখোয়গী মনেম্বোক মকুবোক ফংতবগী ন্নারি, মচিনগী মনাওগী মাগী মাগী মুঙায়তবা অন্নাব অহু ওফিস অসিদা শানরগা অন্নাব খর পোত্থাব-দৌনা তৌই। অহুবু ময়ামগী মরক্ত ললিতাসি খর তোঙাল্লি। মাদি কয়া হায়দোক্কন্দে হায়দোক্লবস্মু অহুম খঙনৈ। মঙোন্দ কয়াম ইনশিল্লি 'খংনথোকউ ননেমবোক্তু অহুগা তোঙাম্ন হেক চাউ' 'য়াপোং নক্তেদা' হায়রগা মখা মুকতা তাদে। মহৈ-মনাও খংনবগী ইপোম ইপোম পোমহুনা কারকলবস্মু ময়াম্ন ভাবনা হেক্ত মখংবী অহুগা ফাগী ওইনা হায়—

"নখোয় মুপাহু মনঙন্দা নয়ানা কম্ন চৌকউ মা মহুত্তদা খংগদবনি"

পুং অমা অনি তারক্লবদি মুপিশিংনা চাগদবগী হোংনৈ শিংজু বোরা পাকমম মহুগা-কোম্নবা চা থকই। হের্ডে বলাক অহুনা ফন ডাংজে—

"কালেন্দা শিংজু চান্নুনে নখোয়বু"

চাব মতমদদি মাস্তু অতুম চায় শুপিশিংনা হেক চারি-মথৈ শুপাশিংস্তু য়াওই। ওফিসতা মোজা লোনবা য়াদে হায়দনা চৈ। শুপিশিংনা মনা ওইনা ভাবিদে উপায় লৈত্রবনিনা হেডৰ্ কলাকনা—

'নখোয় লোনগস্তু হায়বসি য়াত্রবনিনা
হন্দক্তী ঐগী হান্না লোল্লগা অতুগী
মতুংদা নওনা নওনা লোন্নিংবা লোল্লো।'

পুং তরানিথোয় ভাবা অতুবায়দা ললিতাদো ওফিসারনা কৌশিনাখ। খোরকপা মতমদা মমাইদো ভাংশং ভাংই কপনিং কপনিং তোনা উই, ভাইহাক লৈরগদি চান্নবা অতুম কপখ্রে। কা মন্নুংগী মী ময়াম তুমিন তুমিন মভোন্দা য়েংই। কোন্নথংদদি পিয়োন অহনজাওস্তু কপ্পা য়াওরে। মতোত্থ উবদা ময়াম অমুক তুমিন তুমিন মচিন খুমহনা নোকপা হৌনরে রিতানা হায়—

"ললিতানা কপ্লদি চৈবগী ওইরমগনি মানা অমুক য়াওশিল্লকইবসিনা করিগীনো ?

হেড কলাক্পা হায়—

"ইবেম্মা কপ্প মরি চৎপনি। অহনজাওনা খুমই"

"মঙ্গলী বা নত্তে। ইবেম্মা ললিতাসে ঐদি য়াম্না লুংশিক্কে ময়ামদি মীরা তাদে মাতনি মীরা য়াম্না তারিবসি মাদি নোংমক্কী তুলসি-সেবা তৌবা লাইবক্ত মুর্তিকা নম্বা তোক্কবনি। মাগী মমিত্তগী মপি তাব অসি উবদা ঐ থম্মোয়সে পুব য়াদে।"

অহনজাওনা মচু হেক হায়ক্করবদগী মুপি ময়াম্না য়ৌ-য়ৌ চৈব হৌরকই তুলসি সেবা তৌত্রবদি মী নত্তেনে খুরানা হায়রিছু করি হায়রিজাৎনো ময়াম চংদুনা অওক অথোং চৈরকপা অদুদদি অহানজাওদু খুমকম খংদ্রে কপ্পসু তোকখ্রে। রাশি য়াওদে কন্নীরমু হায়বা য়াও কপশিন্নরিনি হায়ব য়াও। অহনজাওদু করিগী কপ্পচক্করবনো হায়বতু য়ৌরে।

মুমিৎ অসিগী মতুংদগীদি মুপিশিং থবক চীনবনা লোয়রে। অয়াংব থবক্কা মুপাদা পিরে অক্কম্বা খর য়ামগদবনা মুপিশিংদা পায়হল্লে। অতৈদি অদুম ওমই ললিতাদি খর রারে।

মুপিশিংনা অহাংবা মতমদা মোজা লোনবহুম্মু পুমথিং থিংখ্রে। মুপিশিংসে ক্রক লাকশিনবা অমা তৌরকপা অসিদা ময়াম ইওক ওক্করে। ওকিস পুম্নমক্কী মুপিনা খয়া কোমথোকই; নোংম ফাদোক থেংবা তারবসু মুপানা থেংহৌবনি অদুবু মসিদদি ওম-তৈনরে মহৈ-মহৈ কৈনো কৈনো তৌরিসি শোঙ্গবদনি কৈসু হায়বা ওমদে।

ওফিসতা কল্লা লাকনিল্লকপা অসিদা খ্বাইদগী য়ানা থোক্লিবসে ললিতাদনি। মুপি অতৈদি লৈশাবী ওইবনে অতূম মওমখি। ললিতানা য়াবা উবদা মল্লামতুনা ফাগী তৌই। ললিতা উবদা মুম পাশ্নৌ তল্লে। ললিতানসু অতূম হায় পাল্লুনা য়ুম্ পাল্লবদি মুওায়বা লোম্নরবনি। ইন্দক মরক্তী মযুমদসু ওল্লা কাগদৌবিবনি হায-রদনা ফন কল্লসু মহোৎনবনি। নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরকপদগীনা থবক নোম্বনি মডোন্দা পাংবীনবা মী অমতা লৈতে মনেম্বোক্লা মবোল অমা সেবা তৌদে হাযদনা মশাওই মনাওনিপা অনি লৈরিবহুসু পাখং ঙাক্তনি করিমতা হাযকবা যাদবা মপুবোয়বা চাওবগী মতৌ অসিনি ললিতানা খ্বায়দগী খোয়দৌ শাওগৎপা অসি। সেবা ওম্থোক্লা চাওখ্রবা ইকজবা, চাক চাবা, ফিশেৎপা মুপি য়াওব্রবদি য়াদবা মৈতৈ মুপা অশেংবনি। নোংম ফাদোক ললিতানা চাক থোংলিঙৈদা এঞ্জাং শেন্দ্রীযু হায়কবদা মমা চংল-ক্লপা মুপা মচা চাওবা মুপিগী থবক মুপাগী থায়বু হেক হায়রক-পদা হৌগৎতুনা অতুম থোকখ্রে। মুপাগী থবক্তা অমতা লৈত্রবনি কমুংদা চাক ঙায়হনা অতুম লৈখ্রে। কুইবগা থর কয়কপরা হায়ববু নোংম নোংমগী, চাওবা তনবা অসুম হেক্তিল্লক্লে ললিতাদি উপায় লৈতবনিনা মচীন থর পোমথোকচবা মুরুম মুরুম শোঞ্জবতনি।

ইন্দক মরকসি চাওবগা ললিতাগগী মবক্তা উংখৎনবা অমসু য়াওরক্লে। ওফিসতসু মীয়া মতাবা য়ুমদসু কনামতনা পাংবিদব

অনিদা ললিতাগী রাখল ইহুং সুভায়তবসে, চাওবনা মাবু উশিং-তবনি হায়না লৌরে সংদাংদা য়ু খর থক্লগা খংনবা হৌই। মখুং থুদেকউবা, নরা তেক্করা ঐ সুপানি খংত্রা লুপি নখোয়না তলপ খরা চারগা উশিংতবা যাত্রা অসিনচিংবা পংতাং ঙাই। তলপকী মা পল্লকপদা ললিতাদি ইখংবু খংই মাদি মত্তমদি সুকন্নিংবু নিংশিংলুদে শাওনিংদুনা খর খুমলুরবা ললিতা অত্তুম চৈ চারে। সুমিদাংসি ময়াম তুম্না হিপনগ্রবা মতুংদা থবক ইনথাং নোবসিনা চাওবনা অমুক থিংই। ললিতাদি তুলসিবুং মাঙোল ইমুং তৈবা শেংবা লোয়রগা কোল অমুক ফেংগদৌরিবনি। চাওবনা শাওনা হৌগৎলগা ইমুংগী থাউমৈ মুথৎলি। কোন ফেংবগী ক্রেং-ক্রাং মখোলত্ত তানিংদে হায় লালিভান্ত শাওনা থুমই।

“ মৈ মুথৎলিসিবু করিগীনো ”

“ গ্রোং-গ্রেং তুম্ন হিপ্পগা মতমদা লাংই করিগীনো ঐনা য়াদে হায়রিসিনি হয়েং অয়ুক্তা তৌগদবনি ”

ঐদি সুভায়দনা শাম্নরিবোরে হয়েংদি নওদেয়ে পুং তাবনা হাল্লি, ঐনা তুমমদবসিবু ময়ামদা করি কায়রবগে ?

সুপি নচীন কনগম্নু নখোয় ওফিসতুবু কয়াম লুবা জাংনো ?

খংনম-চৈনবসি ললিতাস্থ গামদে। অত্তুগীস্থ মথক্ত মান কন য়াম্না চুমলবস্থ অত্তুম লাল্লগদবনি মনেস্বোক্লস্থ চৌনগনবীনি মী সুপা অনিপা চপ মায়না খংদৈন হায়দনা পংচৈদা চৈরক্লগদবনি। কৈরোল লৈকায়গী মীনদি য়াজাংনি। অমুক অনিদা ললিতা য়েংবদা তুমৈ

অমা ওইবনি চেম-চেম ঊশিং শোকই চাক থোংই। থুমনবদগী মথন্ত খুদি খিজিনবস্থু খাশ্রিবনি মফি-মরোল মশম-মনা মকম ময়াং থংত্রে অঙাওশীঙ্ক মাল্লি। থবক ময়ামন্থু নংনবা হোংনবদা মনিং-লোমদগী মমাংলোমদা মমাংদগী মথাদা চংপসি মনেমবোক্ক ঐখোয় ললিতা লাম্মে-থনবীনি হায়। চাওবনস্থ ললিতাগী মরমদা কৈ থনথবিদে, চাক থর থোংবব্ থবক্লা মুপি নাখায়গী নথৌনি হায়ত্তনা ইলায় লায়না হায়দোকই। মত্তাক মশাদি ললিতা হেক লুহোংবদগী মশাগী খোংউপ ফাওবা লৌত্তনা তোংদে, থর তনবা মুমিন্তদি চৌকিদা ফমলগা ললিতা ঐগী খোংউপ থন উপশিনবীয় হায়ব-জাংনি। নেংামত মথুংনা পোং অমত্তা লৌবদা ললিতাগী মতেং নত্রবদি ইনুং থঙায়জদে পিথাক পিশিন তৌবসি ললিতাদি হৈনর-বনি শাওস্থ শাওত্রে অত্তদা ললিতানা থাংবা ঙমদবা খে শাংনিংবা অমদি মনেমবোক্কী থান্দা অসিনি লাইগী তুলসি পত্র হুকপিত্রে লৈ, হেকপিত্রে হুজিক কালগী মৌশিং অসিদি মনেম মকু মশক থংদবা লমকেং লমহাইবী ঙাক্তনি হায়বসিনি। মরক মবক্তস্থ লাওই।

"ইমৌ লাক্লগা থর থুঙায়গত্রা হায়রগা হেমত্থুম বারে। ইমুংগী কুপনোম মথৈ হুন্দোক্লগা কেরগা সাইকল তোংত্তনা চংত্রবনি। ঐখোয়না থায়না তৌজরকপগা খেমত্রে॥

অসিগুম্বা য়াশিং অসিনি ললিতানা তাবদা কম্মী। শাওনিং-লথনিনা তাবনকন মাখী মুপা চাওবদা তায়নৈ থংমরগা তোকই

চৈ-চারগা তোকই। মতোমতা থনজৈ ওফিসকী থবক অসি তৌরমজ্রবদি ঐদি শিহুম শিরমনি পোৎথানিঙায় মতম শুহাক-ফাওবা লৈতে। ললিতাদি ওফিসতা উইবগীসু মম্রিং চৎলিবনি। নোং ঙানবদগী নোম মখৈ নোমলগা চৌকিদা হেক ফমথবদা হেক্ক উইরে। ময়ামদি করিস হায়বিদে ফাগী থব তৌবগী বাঙনি। ইচে ললিতা চা লৈরে মীকপ থোক্লো অসিনচিংবা কয়া হায়। ললিতাসু শাওদে উইগে হ'য়দুনা উইবস নত্তেবামনবদগী উই-থরকপনি। ওফিসার ওইরিবী ইবেম্মা থারিকস ললিতাদা অকনবা খোন থব থাহুনা মাগী efficiency পুরক্লবা কম হেৎনরী। তত্তনা চৈ।

"মখোয় অসিগুম্বা পাঙবা নথোদা থোঁওইদবা নুপিশিং য়াওরবগী ঐখোয় নুপি লোয়না চেম্থবিবনি। ইকাইজ্র নঙ নথন্তসু নত্তে ময়াম পুম্না মুমিম্নবগী অশিকপা দাযিত্ব অসি ফাওবা পুবা ঙমদবা নুপিনা Prime Minister গী থবক ফাওবসু তৌরি। খবর থর-থর প উ Russia, Japan অতোপ্পা লমশিংদা নুপিনা করি-করি তৌরিবগে অদুনা য়েংউ। নুপিন Aroplane খৌরপা লানদা বোম ফাওবা থাদবনি নংনা পুং নংনবা ওফিস কাব ঙমদবা হায়রগা কপ্পা মফমসিবু নখোয়গী কপফনা"

ললিতাদি লোয়রে তাবস্থ ঙনত্রে তরংদা মখোং থাংহুনা থোরক্লে।

# অনিশুবা পন্দুপ

ভুরেনগী লৈতোয়দগী হেন্না কুপ্পী হায়নরিবা য়ুম্'লবগী অয়াবা নত্রগা মুংঙাইবা মশক খঙত্রবা থারিক ওথেংনমক থম্মোই কনখিদ্রি নত্তে। ঙসাই লনিতাদা থরা থিনা চৈত্রে মতুপীদমক ময়ুমদা হন্নরগা মুংঙাইতে। মহৌশানা নোঙ্কুপী লনিতানি খঙই। মতম থরদি তিন্নরিবনি থরা কন্না হায়দোকখ্রে। হয়েংদি অমুক থেম্মগে থল্লি। মীনা হায়বা অচুম্বনি। নামা য়াংপা হায়বনি করিনো অমদি নৈরবনি নামা য়াংপনা খঙদে Miss থারিক মৈত্তৈ মুপী অমদি মুশাগী ময়মদা থরদং থিজিনবগী থবক তৌনিঙ-লিবনি। ইত্তং ওক্তনা তায় অঙাং পোকপা মতমদা মুপারা-মুপীরা ? মুপানি হায়রবদি ফরেদা লাইবক ফরেদ মুপীনি হায়-রবদি তন্নেদা, মসি মুপী—নবু থরা হেন্না হায়নবগুম তৌই। মসিনা তাকপদি মুপীশিংনা মখোয়গী মুপী ওইবগী পুন্সিবু পামজদে হায়বনি। মসি করিনো ? অতোপ্পা মুপীশিংনা হায়বা য়াহৈ অমনা পাপ ময়াম তাশিল্লগা মুপী হায়ব'স শাই হাই। অতম্বা হায়নরিবা পুন্নমক অর্থ করিনে হায়হুনা মথন্ত হংজরম্বগী মনেত্তুদা খঙহৌদনা ওনশিল্লগা হংই—

থারিক :— ইনে পাপ ময়াম পুনসিল্লগা মুপী অমা শাই হায়নরিবা করিগীনো ?

মহেন্দ্র:—হায়রিবনিনে ইবেম্ম' তুপী শিংসে রামনবহুদা পংহায় হায়রিবনিনে।

কমিজী জামল্লিবনো অহুপা পাপ কৌন্নিবনো কমিজীজো মনিজা শাকপদি সুপানা সুভোইনা ছিংই, মুপীনা বাজা ছিংই হায়রকনি। চাং তম্ববা তারুপদি তুপীনা সুপাদগী পাঙলম্ম্ হইহে। অঙ্গাবদি শাঙল শোনবীশিংগী পুন্নি অরাবস্ত্র ওইবা। অঙাং ওইরিউগী রাঙ্গি মতেক মতেক নিঙশিংহুনা য়েংই। লোংমা মখোয়গী মথাথংবদা লৈবা

মাগী রনজিৎ হায়বহুনা নমহুনা পুংদোন অমথক খুনথি, মতমহু চাওরাক্লা থারিক্লা চহি ১১ রাব সুরকপ মতমহুদনি রনজিৎ কী চহিস্থ অহুম্মা ওইরম্বা য়াই, পু:দোন্দু ফনা কম্মা পায়বানি অহুবু মানা সুপামচা ওইবনা কনবা হেনবনা মুম্নগা ইনথুরম্নগা চেন্নথি। পন্না ফাদবা রনজিৎ না ইস্থুরম্নগা চেনাখবদো কয়াদি শাওনিঙহ্রে সুপামচাগা সুপী মচাগা ফুনবা চুম্ন-চুম্না সুপীমচানা অহুম লাপহোই। অসুম্না সুপা মচা অনগুং সুপীমচাগী খেন্না মতম কয়াদগী লৈরম্নবা অস অমুক নৌংহৌন থম্বা হৌই। অহুম্না থম্লিউ মতমাসদা মাগী মরুপ জামিনি লেকচরর অনৌবা প্রো.জক্ত ওফিস.র শিলাস্থ চঙলকই।

থারিক:— হায় জামিনী কদোমদগীনো কুইরেদা উদবা

জামিনি:— থায়নগী মরুপ মপাং থিরকইবনিনে নয়ুম নকৈ পান্দ-বনিদা য়েংশিনবা লাক্লিবনিনে। এপা লাকমিম্নরিবা

ইনাও অসি হুন্দক নখোয়গী ওফিস অসিদা নৌনা প্রোজেক্ত ওফিসায় খল্লবনি ।

থারিক :— ঐস্ন খঙলে মনদেদগী কাবা হৌরগদবনি নত্রা ?

শিলা : - মানি ইচেম্মা ঐদি অনৌবনি । ইচেম্মখোয়না তাকপিয়ু ।

থারিক :—হেয়। অহুবদি ইচিন ইশাও তাম্নরগা করিস্ন লৈত্তবনি ।
জামিনিগী অঙাং কয়া হুরে ।

জামিনি : - ৩ শুরে ।

থারিক : - দে', মা, তিন, বস হায়বত্তুনিনে ।

জামিনি :- অঙাং য়াম্বা ঙম্বপোৎ নত্তেদা লাইফসে মুংঙাইদো মতমদা অঙাং হোৎনত্তনা লৈরবদি করম্না কনাদনা মুংঙাইগদবা । ওফিস কাবী থবক হৌবী মুপী অঙাং য়াম্না পোকপা ঙমপেৎ নত্তেদা

থারিক :— মত্তুগী রাদি খঙত্রে শিলাদি ময়ুম পাস্ত্রিবনিনে

জামিনি :—পান্দৌরে মাদি রেদি ওইরবনিদা

থারিক :— কৈ য়াম্না কৈ অহুবু কনাদনো ?

শিলা :— অনি লৈ ইচেম্মা অমনা ইঞ্জিনিয়ারনি অমনা য়াম্না চম্বা লেকচরর, বেরেক্তর কস্ত্রাসনি । করম্বা হোং-সিগে হায়না ইচে জামিনিগা তাম্নরিবনি ।

জামিনি :—ঐদি ইংনা মুপা থোকপা লেকচররদা ভোট লৈ নঙগী ডিসকো ইঞ্জিনিয়ার তাই পাকমল্লী হয়েং কাতুক-কারা তৌরকদবা মাল্লি ।

শিলা :— দিনকো দাজর ইঞ্জিনিয়ারদো মারুতি কারস্ নৈজ-রবনি। করেনে ঐগীদি ইচেম্মা খোয়না হায়বদো য়ারগেনে। ইচেম্মা থারিকনা য়ুম পাস্ত্রিবা করিগীনো ?

ইচং খৌবী থারিকনা অপ তু দেট কেসন্দা শিলানা হংলক্লিবা য়াহংগী পাওখুম পাক পীবা ওমদে শিলা চহি কুনমঙা থক্তা ভায়রি অহুগা থারিকী চহিনা নিফুগমঙা হেনবনি অনি অসিগী মরক্তা চহি ২০ গী ফরক নৈরি থারিকনা নৈদনা খুম্নবা হোৎনৈ।

ঐগী য়ানা মথংগী উন্নবদা শারশি ওসিদি ইবেম্মা শিলাগী ওইনা থম্লনি।

জামিনি :—মাদি য়ৈথোকপা য়াম্না হৈবনি য়ৈথোকপদগী সুম খেঙত্রিবনি। অতুনা বাই দি রে ঐখোয় ওসি লাক্লি-বসি হয়েংদি ঐখোয়গী কলেজদা ডিবেট তৌগনি ইনভাইট তৌবা লাকপনি সে বার্ত্তন—সে লৌশিল্ল।

থারিক :—করি তোপিকনো ?

শিলা :—য়ুমেনস লিবরেসন।

থারিক :—তোপিকতি য়াম্না মুংভাইগদৌরিদা। হন্দক্কী দেবেট অসি সোইদনা তাবা তারি। ঐ হন্দক মরকসি য়াম্না শাওহুনা নৈরিবনি। নহাল নোংমা সেক্রেটরীগী কাদা ওফিসার থরনা ঐখোয় মপী হায়বা জাৎ অসে ইফিসেন্সী নৈনা থবক তৌজে, ফুল রেসপোনসিব্লিটি

লৌবা ভমদে হায়না হায়রম্মে। মরম অহুনা থাইরবী লাইরিক তমনাবা মপান থোকহন্দবা কোল কেংবা, অঙাং য়োকপা রাই তৈবন মফম হায়রবসি মরম অহুনা ঐহাক্না ম্নপীনা শোয়রিবসি কদায়দা শোয়রিবনো হায়না হংলিবনি।

জামিনি :—ইবেম্মা মচুগী রা ওইরবদি শাওরম্মু। লোইনমক চুমত্রবস্মু থবা মথৈদি চুমলিবনি।

থারিক :— নঙন্ত হায়রিবোইরে।

জামিনি :—মচু নঙনদি কদাইদগী থঙজগদগে। মুম পানবগী অম্ব· যসে ঐখোয়দি থঙই নঙদি থঙলোই থল্লুরগদি নঙনা মুম পানদনা লৈবত্তনা য়াম্না ফরবনি ঐনা লুহোংবা নৌরিবৈদা অমদি অঙাং মীরোলবা মতমত্তুদা মুমগী থবক অমদি ওফিসকা পাবত্তুদা ঐনা রাবদো কি হায়রুরনি। ঐখোয়গী লৈবাক অসি নংম্নুনে মতো পাঙবিনবা মী থিবনা রাখ্রে। স্নুকফংস্নু ফংদেনে ইমুংগা মীয়াম চাবা ওইসিনখ্রে। কনাগী ওফিসকী থবক্কা চঙদে ঐ থবকশি তোক্লসিরা থল্লুরবনি। নং পাহৌত্র নোংমা অম্রিতা বজার পত্রিকাদা হায়· থিবদো। দি ইন্দিয়ান রাকিং রুমেন ইভ দি মোগ সকারেস্ট রুমেন ইন্দিয়াম পুরমক নি মসে। মুমগী থবথ ইনথাং নোম্বা লোইরগা ওফিসকী থবক তৌব তারবদি অমদি শোয়রবা তাবদি।

থারিক :—মতু ওইবা য়াবা রা নত্তে। নখোইগী ইমুং মীয়াম চায় হায়বদায়নে কো-ওপেরেসন পীনগদবনি অদুগা নগুনা তাল্লিবতুসু ময়ামগীনি ময়াম সুমিন্নগদবনি।

জামিনি :—মঠ ভাব তাবপোৎ নত্তেনে। ভাব তানবা হায়রুবসু য়াবা পোৎ নত্তেনে। ইন-লৌ তিন্নবসি মসিনি খ্বাইদগী রারিবসি। উপাই লৈতে।

শিলা : উপাই থিবা তাবনি ইচেম্মা।

থারিক : অচুম্বনি উপাই থিবা তাবনি। নত্রবদি ঐখোয় মুপী হায়বা জাৎ অসে কনা অমত থবক হাপনিঙলরোই।

শিলা : ঐগী ঐগী প্রোব্লেম কোরুবা ঐখোয়না হোৎনজগদবনি। ঐদি হয়েং লুহোংলগা ঐগী থবক নোম্নবা মী থমজগে। পাঙ্গন্না থবক নোম্বা ঙমজরোই হায়না হায়জগনি। য়াত্রগা মুপাদা চক্রি তৌগনি।

জামিনি : মুপাশিংসে থাজবদি য়াবপোৎ নপ্তে। হয়েং ময়ুম য়োরগা য়াম্না ওৎপনি। নঙগীদো হান্না ঙাংনহোরো।

শিলা : কৈ ঙাংনহৌয়গে ইচেম্মা হয়েং উন্ননি হায়রকপনি।

জামিনি : অনিতুগী মরক্ত করম্বনো উন্নগদৌরিবো? ইংনা মুপা থোকপরা? ফরে থারিক চৎলগে। হয়েং শোয়দনা লাকউকো।

মখোয় অনি লূনা অমমম তোংদুনা চৎখি। থারিক মশাহু থজিক্তং কোমখোকপদোনা মুংঙাইবা কাওই।

শিলাগী মথোক কারকপা মকা লাম্না মঙাল নাইরবা পুন্সিবু য়েংবদা মুংঙাইবা ফাওই ফজরবা শকফমদুদা নাপরম্মু তাংজরি। মতমগী চুনরবা ঈশিং মুংশিংকা চান্নরবা শিলানি থারিকনা থডই। থৌশারুদ্রবা মতুংদা মাগী পুন্সি লম্বী অসি লাম্নম্লে। থিংবা য়াদ্রবা মতমগী ঈচেলদা চেম্থবকপা পুন্সিনা তংখায় চনখিবা খঙহৌদে। য়ুম পান্দবগী পুন্সিসে অফবদি ওইরমদ্রে। কুইর-কুইরগা নাইতোম তাবা হেনজিল্লকই। চাউরবা পাক্লবা লম্বী অমদা মহাক মথস্ত চৎপগুম ইহাং হাংই। অদুগা মহাক থম্মোই পান্দ্রবী মুংশি মশক খঙদ্রবীরা হায়পদুম্ম নত্তে। মরক-মরক্তা অচিকপদা লাক্লরোইদবা কনাগুম্বা অমবু তত্তনা নিংশিংঙি। এমঃ এঃ তম্বগী অরোইবা চহিদুদনি বিক্রমজিৎ কা থারিক্তা থেংনখিবা মতমদুদা রিসাস তৌনিঙবগী অকনবা অচাও-রম কাবা রাখল অমনা লমজিঙদুনা বিক্রমজিৎনা লুহোংবগী রাকম হৌদোকপম্ম থৌশারুদে। শকখঙনখিবা পুন্সিবু নিঙশিংলি থম্মোইনা থক কাওবা ঙমখিদে অশোকা হোটেলগী বস অমদা তোংদুনা অগ্রা য়েংবা চৎলি। তোংলিবা পুম্নমক ফোরেঙ্নর্স ঙাক্তনি। কায়নথংদা মৈতৈ মুপা অমা য়াওই হায়বা খঙঙলম্মী রারি মতেক-মতেক শাবা হৌনৈ। তাজ-মহল য়োৗরকপা অদুরাইদা চিলফেল ফরবা গাইদ তুগী মতৌদুদা ময়াম পুক্লি পায়রদুনা নোক্লখি। গাইদ তুনা হায়—

জসমিন পাম্বীসিগী মথোঙদা ওইনজরিবী মমতাজবু মাগী মবুংঙোনা মুংশিনা কোনবীরগা চুপ্পীখি। তশেংনমক জসমিন

পাম্বীশিং অদো কন্নাদি ফজনা শাংলমখ্রে। ওইদ-ওইবদোনা মাল্লি। বিক্রমজিৎ কা থারিক কা ফুগায়না শাংলিবা জসমিন মখোঙতুদা ঙাইহাক পোৎখামিন্নখি।

বিক্রমজিৎ :—ঐদি নঙগা লুহোংবা পাম্মি, হৌজিক ঐখোয়গী চহী মতাং চপ চারবনি। নঙনা অয়াবা পীরবদি শাংলিবা লৈরাংশিংগী লৈনাদা থারিক বিক্রমজিৎ কী ওইরে হায়না ইরমগে। ঐদি কোয়না লংফৈ চৎপনি। ঐগী থবকসু মোবাইলনি। ঐনা খল্লি নত্রগা ঐগা লুহোংল-বদি ঐহাক ইরৈবাক্তা শোয়দনা লৈবা ফংগনি।

থারিক্না চিংনখি কোয়না লংফৈ চৎপা মুপাদুদা ঐনা করম্না থাজনি। অদুগা মাগী থবক মোবাইল স্ত্রেঞ্জরশিংদা মুংশিবদি অর্থ য়াওদবনি হায়না থারিকনা খল্লি অদুবু ঙসিফাওবা শকখঙদবা অদুবু নত্তনা নিংশিংহল্লি মতম খর লৈরগা বিক্রমজিৎনা চিথি পীবকই অদুগা অসুম্নসু খঙহল্লকই মদুদি মহাক ফিল্লিপাইনদা লুহোংলে। মহাক্কী লমচৎ, মহাক্কী য়াঙাং-শঙাং মুংশিবনা পিক থল্লি। ঙসি নাইতোম তারবা থারিকনা অচৌকপদা অয়াপ্পা সমুদ্র য়াংদা লৈখ্রবা মী অমবু নীংশিংলুবগী কান্নবদি লৈত্রে।

শিল্লাদো মওন মওন খল্লি মাগী থম্মোইদা মচু শেংত্রবা মুর্তি অনিথক্না অমুক ঙাম্ফোক অমুক মমশিন কেকু লোৎপি শান্নরী। সরৎচন্দ্রদি পীশক পীক্লিঙৈদগী লোনদিন্নজরকপা মুর্তি অমনি মাগী হায়ববু ইমুং মসুং লাইরৈ, মচিন-মনাও য়ামই হায়খিবা রা হোংদবা

অরাবদ্রা থাঙহৈবা মীয়ামগী লুচিংবা ওইরিবা কংথাক্লনবা মীতানি নপচ তাংজবা হৈতে। মতম অয়াম্বদা শিল্লানা তান্নজকবনি। অদুগা ইঞ্জিনিয়ার দেবেন তৌগেদা ওল্লবা কান্নবা খওবা মশক-মতো ফজবা, মুপী কয়ানা মতুংদা তান্নরিবা মীশক্লি। মহাক্লা মতম পুন্নমক্ত শিল্লানা পেনগদবা লম্বী থিদুনা লৈ। শিল্লা খল্লি ওসিদি চাংয়েং পরিক্ষা তৌরগে। টেলিফোন পায়থংলি।

শিল্লা :— করম্বা মতমদা লাকনি ?

দেবেন :— মুমিদাংরাইরম্না, পুও কয়াদা লাকচৌ হায়বগে ?

শিল্লা :— পুও খওদে অওাংবা, অমুবা, অশংবা নোংজাবী থোকপা মতমদা লাকউ।

দেবেনদো ফন কেনা লাকই মশম্ন রা-রা ফোবেনগী পরফ্যাউম চাইরকই। হেক য়োবগা শিল্লা না হায়—নোংজাবী থোক্লিভৈদা কৈদৌনা লাক্লিবনো ?

দেবেন :— নোংজাবী থোকপকা ওাইবা ওম্বপোৎ নত্তেদা শিদম্মুম ওাইজরগে।

শিল্লা :— মী পুন্নমক্লা হায় নখোয় মুপাসে নয়ুম য়োরগা য়াম্না ওৎলি হায়। চুমব্রা ? তৌগদ্রা ?

দেবেন :—কদাইদগীনোদা ঐদি তৌরোইদা।

শিল্লা :— ফরে অহুদি রা অমা হওগে হয়েং নখোইদা লাক্লগা নওম্মু ওফিস কাগনি ঐসু ওফিস কাগনি নখোই পাবুওগা ইমাগগী সেবা কনানা তৌবীগনি।

দেবেন :— হেরা অতুক য়াম্না লাইবা রাত্রুবু ইমাখোয়গী সেবা তৌবীনবা মী থম্লগা লোইরেদনা।

শিল্লা :— য়ুম শাবা হৌবীরব্রা? মীস্থু থমগদবনিনা কা য়াম্না শাদবদি য়াদে।

দেবেন :— মাকতি লৈবনে কৈনে য়ুমছু নঙ লাক্লগা কোম্না শারশিদনা। অহানবদা মমাং শঙ্গোইদা হেক লৈরসি।

শিল্লা :— লুহোংবা হায়বশিদি য়ুম অহনবদা লৈগদবনি।

দেবেন : অমু ওইরগা ঠীকাদার গুলামচাগুগী হন্দক্কী থোং শাবসিদা যুমস্থু শাহৌরগা লোইরেদনা।

শিল্লা : হয়েং লুহোংলগা ঐনা কেনা চৎকে তৌবদা খম্মন চাওরোইদ্রা।

দেবেন : শিল্লা দার্লিং নঙবু কৈদৌনা পঙলিনোনে ঐদি অপঙবা মুপাশিংগী মরক্তা লৈতে। নুপী হায়বসিদি হকচাং তংথাযনি ইশাগুম্বনি লাইফদিবীদৌনা ফি ফজবা খর শেংলগা যুমদা মচিঙ্গাক চাবা তিন ওইনা লৈবদো ঐ পামদে। সমাজ অসিদা লাইরিক লাইস্ন হৈরবী লৌশিং লৈরবী মী কয়া-কয়া মথাদা থম্বা ভগ্নী শিল্লতনা দেবেনগী ওইগদবনি।

শিল্লা : ফ'ব রারী তোল্লুসি করি থক্কনি চা—রা? কোফীবা?

দেবেন : অমত্তা থক্লোই অইংবা বিয়ার থকসি।

শিল্লা : অদু'দ বাবাগী ফ্রিজদগী লৌথোকসুবগে।

# মরিশুবা পন্দুপ

থারিকশি হন্দক্তি মপুক্রিংদা মওল-মওল খল্লি। অতৈ মী-শিংগী মফমদদি চপ মান্ননা উরবস্নু লৈমিন্নরিবা ইনেত্থদি খংডি মহাক্কী ৱাখল খন্না—খন্না খেন্নরে। নহাক্লমথৈদি ইংখোলদা খর চঙবা এঙ্গাং-নাপী খবা য়েংহুনা লৈরন্বহুনা হৌজিক্তি মুপী অমদি মুপাগী মরমদা ওন্তনা হঙবা ঙাঙবা হৌরে। তুর তোয়্‌না চৎল্লি অত্থগা থারিকনা চৎপা খুদিঙগী মুপী অমস্নুং অঙাংগী মরমদা তত্তনা ৱা ঙাংই পাওতাক পিরি। মুপী খুদিঙমক লাইরিক হৈগ-দবনি পাঙ্গল শোনবী ওইরবস্নু মতিক চানা মহৈ তম্নবদি ৱানিঙাই কবিস্নু লৈতে হায়বসে থাবিকনা তোযনা হায় অত্থবু চৎপা মফম মফম খুদিঙদা মুপীনা অৱাবা য়ান্না উই। চীংদস্নু অত্থ মঙায় চীংগী মুপীশিং মখোয়গী পুম্নিবু ৱারবা শাপ অমগুম লাক্লবি চীঙদা অয়াম্বা মুপানা য়ু থক্কুনা নক্তগা অঙাং লৌহুনা লৈগল্লি। মাগী-মাগী মুপীনা অঙম্বা লোকচপ্তা কুম্নগা উতোংনা ঈশিং মাইল অনি অহুম লাপ্লা মফমদগী পুখৎলকনি, চীংমাইদা মুপীনা পাম য়ানবা লৌদগী অরুম্বা লৌগী শম মুপীতনা পুবা থেংনকই মখোয়গী থুলগী মীদা হংলুবরবস্নু "মসি মখোইগী চৎনবীনি" খুম্নকই। চৎনবী কয়া মাঙখি, চৎনবী কয়া পুসিল্লকই অত্থবু শৌগৎপীবদা মুপী কয়ানা মুপাগা মান্নবা খোঙথাং থাংজিল্লকপা ঙম্মী। মসি হৌজিক্কী চীং অমস্নুং তমগী মরক্ত ভাব তাহন্নবগী মতম ওইরবনি

মতম চঙলগদবা য়াক্ষম অসিদ। ঐ ইতোমতনা হোৎনরুবগী কান্নবা লৈতে হায়বসিন্নু থংই। বৃইমেন লিব্রেসনগী দিবেটিং তৌনবা নুমিত্তুদা সপোর্টরস অমসুং ওপোজরস অনিমক্কী মিৎয়েং অমদি মত পাকচাই অথুবা মীৎয়েং, পাক চাওরবা শেমগৎ-শাগংপগী মওং অনিমক্কী অক্ষবা অমসুং ফত্তবা লৈ। অদুবু মান্নবা মত অমদি অসিনি মদুদি—

"নুপী নুপা কৈদৌঙৈদসু মান্নবা য়ারোইদা ঈশ্বরগী থুৎশেম ওইরবা পোৎ অনীথকনি। অনি অসি অমনা অমদগী হেনবসু নত্তে, তাবসু নত্তে"

মরক মরক্তা জামিনীগা থারিক্কা তোয়না উমৈ য়ারী শামৈ। জামিনীসে থারিক্কী মমাংঙৈগী অশেংবা মরুপনী। মরম অদুনা কায়নথংদা মহাক্কী অশেংবা থম্মোয়গী য়াদো জামিনীদা হায়দোক্লে।

"য়ুম পান্দবগী পুন্সিসে নায়তোম তাবা অসুম-অসুম হেঙ্গিন-লক্লে। মসি অফবদি নৎলমদ্রে। জামিনী ঐ য়াম্না য়ারে হিংবগী মহাও য়াওদ্রবদৌনা তৌরে। চৎপমখৈ চৎলুরগা নোম্বমখৈ নোমলুরগা হজ্জিল্লকপদা লৈকংলাগুম থলহল্লি লুহোংবা হায়বদি হিংমিন্নমবা মরুপ মপাং থিবনি। পুন্সিসিদা তৎন-থানা য়াদ্রবা মরুপ অমদি দরকার ওইবা মাল্লে থল্লি।

জামিনীনা অমুক থুম্মি—

অদুবু নওবু থল্লবদি হৌজিকসু মতম লৈরি, নও য়ুম পাল্লো ঐখোয় ময়াম হোৎনরগে। "হৌজিক ঐগী লোনগা ওয়বা

মী অমত্তা ময়ুম পান্দনা লৈয়রোই মতমসি হেল্লবনি ।" "হেল্লবস্থু হেন্দ্রকস্থু মঙ্গু ঐঙোন্দা শিনরো" "তৌরবনু নঙনা রাকমসিদা অরেম্বদা রানবনি নঙোন্দা নোংমা হায়রগে । ঐদি ফনা য়াম্না চংনবি ওইরবস্থু অতোপ্পীদি ওইনিঙদবনি, অদুবু তঙায়কদনা রাকম অদু য়ারগে খল্লুরে ।" মুপা অমখক্কা মহাকস্থু অচম্বা নত্তে ভাব তারবা লৈবাক্কী মকোক ওয়খিবা আই: এ: এস: ওকিসারমি, ঐনা চেকশিন্না লুহোংবগী রা হায়বা মতমদদি মহাক নাম্বোক্কুনা চেনখি । চুম্নগী মানা খল্লম্বদি ঐগী তোংশা অসি ওইরম্মী । প্রেতেক্সনগীদমক লুহোংবা পাম্বনি, রারবস্থু অমোৎপা লম্বীদুদি ঐ পামদে । কয়াদি লুপ্রে হিংগদবসে য়েংউ, অদুগা অতোপ্পা রাকম অমনা মুপী হায়বসি অস্থুক্কী মতিক তোনবনি কয়ামুক তোনবগে হায়ববু, ঐগী গাড়ী থৌরিবা ড্রাইভরনা ঐঙোন্দা মিতাবগী মঙং উবা ফংই । মতমদুদা ঐনা খল্লি য়ুম পান্দবগী ইরালনি, করে তোক্লসি রা অসীনা নঙবু অমুক কোক চীকহল্লগনী ।

যামিনী :—কোক চীকপা চীক্কবা নহাক অমুক খল্লুবগনু নঙোন্দা ঙসিদি রা খরা হায়গে তাও । চুম্মী নহাক শোয়দনা রায়ম্লগনি । অদুবু দাইভরসন অমদি লৌ অদুগা হেক্তা কখিনি, নঙনা ঐবু রারৌগনু । য়ুম পানবা মী ঙাক্তা ওইরবদি সমাজগী শেবা তৌবীনবা মী লৈবু লৈররোই । য়ুম পানবা হায়বসি পাপনি, অরাবা থিবনি, মীখা থাবনি,

মখোয়গী পোয়রৈ য়েংনা চৎপনি, নং থংব্রা ? মুপাশিংনা খ্বাইদগী পুকচেল পিকশিনবা, কল্লক য়েংথিবা, ইরোই হেক লোইখদনা অপান্বা পোৎ অসি খজিক্তনি মসিদগী অফবা ফত্তবা কয়ামরুম থোরকই। অপং অশিং খেন্নবগী রাদনি, মুপানা মুপীবু প্রোপরটি অমত্তমক থল্লি। অপণ্ডবা মুপানা মুপীবু ফুরগা শিজিন্নৈ, অশিং-বনা থেম্লগা শিজিন্নৈ। মওং খেন্নবগীরাতনি। লৌবা মওংদি চপ মান্নবনি। মুপাশিংনা মুপীশিংদগী মুংঙাইবা লৌবা পাম্মী। মসিগী রিটর্নন ওইনা মুপীশিংনা মুপাশিংদগী মুংশিবা লৌবা অদুগা মশাগী অরা মুংঙাই সেক্রিফাইজ তৌবা। ঐখোয়না ইচা পোকই ইচা হায়বসিদগী হেন্না মুংশিবা পোৎ অমা পৃথিবী অসিদা অমুক লৈত্রে। মসিনি মীওইবগী নায়াকা হায়নবদো। ইচা ময়াম পোক্কনি অদুগী মতুং মখোয়বু য়োক্কনি মী ওইনবা শেম্বীরনি, অদুদগীদি মীওইবগী পুন্সি অহুম লোইরেদনা। হিংবা হায়বসি অসিনি। ঙায়খো নহাক মতম থরদি য়েংশি ঐস্ সু ঐখোয়গী হুজবেন্দদা অমুক্তা তাম্নরুখিবা তারি, চেক্তা চেকশিল্লক্লগদি মঙোন্দা নত্তনা তাম্নফম লৈত্রে ঐ অমুক হল্লকখিগে ঐগী মরুপকী করিগুম্বা রাফম অমা থন্নবা মতমদা মহাকা তান্নবা তঙাখফদবনি। ঐগী মরুপতি মহাক্তীস্ম মরুপনি।

জামীনিগী মপুরোইবদো সুরেন কোই। হিসতরিদা এমঃ এঃ নি। হায়না তান্নবা য়াম্না য়াবনি, মাগী হান্নববু কাগীদি থরা তৌগল্লি। মুমিদাংরাইরম খুদিং মহাক্তী য়ুমগী ভেরেন্দাদা ফম্লগা থবর পাবা মাগী হৈনবীনি। জামীনিনা হল্লকপগী লুনা

মখোল তায়। তান-তান য়েংশিন্নদে। জামীনিনা মনাক্তা লাক্লগা চৌক্রি অমদা কমথৈ অন্থগা হংই।

"হল্লকপা কন্নামনা কুইরে?"

কদায় চৎলুই

থারিক উন্নক্লই, ওসিদি মাগী ন্না খরা খন্নসি

করি ন্নানো·············

হুম কোম্না হায়গে ঐ চা লোল্লুখিগে য়াম্না লুবা ন্নাফম্নি তপনা ওাংনসি। সুরেস অমুক হন্না খবরদা পুক্লিং চণ্ডখ্রে। জামীনিনা চা পুথোরকই মতমদুদা সুরেশ জামীনিদা হন্না ফাওবা য়েংলকত্রে হায়ন্নকই "বেঙ্গোলদা সি: পি: আই: না অমুক হন্না মেজারিটি ওইরে।"

ফরে কৈদৌগে ওসিদি সি: পি: আই: সি: পি: আই: এম: লোইনা থম্বীরো। পার্টি য়াওবসু নত্তবা টিচিং প্রোফেসনদা লৈবা ঐখোয়না সি: পি: আই: দা অমুক থন্নাই য়াওন্নিবা করিগীনো? ওসিদংদি পার্টিগী ন্নারী শান্নগুমসি।

সুরেশতগী খবরদো জামীনিনা লোরে অদুগা হাই—

"ঐ ওসি থারিককা ন্নারী য়াম্না শান্নবকই মাগী মত মতুং ইম্না ঐ মহাকপু য়ুম পালহন্নীংই।

"কদায়দগী মুপা লোক্লগদৌন্নিবা?"

অদুগীদমক্তনি, ঐনা নওপা তান্নরুখিগে হায়রমই

"ঐঙোন্দা লোরো হায়রিরো"

"ফাগী তৌরকনু ন্নাসি ফাগী নত্তে, মা তশেংনা য়ানিংলবনি।"

অদুবু ঐবু কৈদৌ হায়ন্নিবনো?

নখোয়গী নমান্নবা মুপী নহা খিদবগা অমত্তা লেত্রবনা, খবা খিশি। থাবিক অসি যাম্না ফবনি, মাগী হায়ববু মতম অমা নাঙ্গোকখিবদগী শোযখিবনি, হৌজিক মহাক য়াম্না লোনলী ওইরে নুংঙাইত্রে।

"ঐখোযগী ইমান্নবীশিংদি হৌজিক্কী মতমদদি মচা মঙাদগী তাবা অমত্তা য়াওদ্রে। চহি ৪০ হেল্লকান্দা মমুম পাল্লকইদুবু করিগীনি হায়বগে। অদু ওইরগা খবরদা হাপসিদনা।"

"ফাগী তৌবক্কসু মাগীসি তৌদ্রবা যাদ্রবনি।

কিবেদা নঙগী ম্লাসিদি, ঐঙোন্দহুম তারকুনা তোক্লনি।

সুরেশকী খোশাদবা ফাগী ফরাং কয়া মসিদা জামীনি শাও-নিংবা পোক্লে। মাগী ম্লাঙাং শঙাংদু য়াম্না থওই উশিত্তবগী মশৈ খরস্ম যাওরি, হায়হৌরগে মতাগুম জামিনিনা হাযফেং শাওনা হায়বকই—

"মীনা সেরিএস ওইনা হাযরগা ফাগী ওইনা তাবীবিবোইবব। খভিক্তং লিশিনখিবগী ম্লাতনি। থারিকসি অন্নাংবা থাক্কী মুপানি মোরেল য়াওদবসু নত্তে ঐখোয়গী মমাংঙৈগী তিন্ন-বকপা মকপ মপাংশিংগী মনুঙদা মাগুম্না পুকচেল শেংবা হেৎনবা কনবা লাইবিক ল ইসু ফবা যাওরক্কবনি মকোক ওইদুনতা স্কোলাবসিপ ফংঙ্গনতা লাকচবী মুপীনি মশকসু থিদে। মঙোন্দগী হেনবীনবা কনা লৈ। মপা মপু অচৌবা মচানি" শম্পতি য়াম্না লৈ, ঐনা ঐগী ইপুবোইবা অমদা ইমুং ইমান্নবী অমগী অরুবা ম্লাকম অমা অত্তুক তান্নবগী

রানি। নহাকসু নহানমুক নখোয়গী স্নাজাওবা হায়বা মাইজাওবদুগী মুপী চেল্লমদাইদা ঐভোন্দা তাম্নরকপসু কাউ-ববনিনে। ইচা অপীকপা ফাওবা হুন্দোকলম্নগা মাগী মুপী চেনবা ঐ যাওরিবা নত্রা, ইফি ইরোল সনা লুপা পুখোকইবা নত্রা ?

মদু ঐনা নহাক্কী মরুপনি হায়না তৌখিবনি।

জামিনি শাওরে খণ্ডলদুনা সুরেশনা নেমথরকই অদুবু ঐবু কৈদৌ হায়রিবনো ? মুপাদি মুপী অবিবী কয়া পামদে, ফরবসু ফত্রবসু মুপীনা অণ্ডাংদি পোক্কদৌরিবনি অণ্ডাং পোকত্রা পোক-লোইদ্রা খণ্ডরবা মীদুবু করম হায়না লুহোংগদৌবিবনো ?

হন্দক হায়রক্লিবা রাফম অসি অচুম্বদি ওইরবনি, মসি হেক হায়রকপগা জামিনি হৌগৎলে অদুগা মাসু অচুম্বা অমদি হাযবন্নি —

"চহি য়াম্মে ফাওবদি অণ্ডাং পোকপসু যাই"

মুমিৎতু জামিনি মরাইবক থিরবী মরুপকীদমক খনবদা মথাই রাখি। মাগীনি হায়বা কনা লৈজত্রবীদুগী তুংগী ফিভম খল্লুবদা অসুম-অসুম মমশিল্লক্লে।

শোমদা থারিকভী রিশার্চ টিম অমগা লোয়ননা মণিপুরগী কৈথেলদা চৎতুনা মণিপুরী মুপীগী ফিভম ফিশা-লোনশাগী মরমদা থিজিনবা চৎলি। ফনডুম তাঞ্জা চারবনি মানসু হান্নসু মুপীগী মরমদা থিজিনবা পান্নম্বনি। মুমিৎ মঙানি চুপনা সবভে চৎকদৌরি লরাইদসু চৎকনি। ইহান হানবা ওইনা টিম অসিনা

খণ্ডলে মচুদি লংগী মমল হেনগৎখিবনা মরম ওইহনা মণিপুরগী ফিশা-লোনশা পৈশা তোংত্রে। মখোয়গী খুত্থমল য়াম্না পীক্লা ফংই। তৌইগুম্বস্থং ময়েক খোকপা লংগী মওংদি য়াম্না চেৎশিল্লি। অনিগুবদা মণিপুরদা অহোংবা মমলদা লং ফংবদি মচু কোকই মসিস্থ ময়ামগী পান্নদবা মখলগী পোৎশক ওই। ময়ামগী মরক্তা শিলাস্থ য়াওরি পেন্সিল হিল অতুম্বী খোঙউপ অমা তোংলদনা শারি অমুক শেৎলি, খোংগ্রাউ অমুক শেৎলি, মানা শেৎনিঙ শেৎনিঙবতা শেৎলি। কৈথেল মুপীশিংনা মাবু য়েংবদা কুম্মৈগুম থোকই। চহি ৬০ তাল্লক্লবী অহল মতম ওইরক্লবী কৈথেলগী ইমা ইবেলশিংতুগা শিলাগী মবক্তা য়াম্না শাংনা অহাংবা লৈবে, মরক্তনা থারিক লেপ্পী অনীমক্কী ময়াইদা। নহা অহল স্থনা কারক্লবী মুপী কৈথেলদো মখল মখাগী হিংনবগী লাললি। মখোয়দগী ফংবা পাওখুম খরদি টেপ রেকোর্ড লৌশিল্লি। মখোয় অমত্তা ওইনা ৱাহং খরা হংলি।

ৱাহং—ইমানা কৈথেলদা ফিবোল য়োল্লিবসি কয়াম কুইরে অমস্থং করম্বা অৱাৎপা লৈবদগী ইমানা কৈথেলদা ফি য়োনবা থোকপিরিবনো ?

ৎবা মুপী ঃ— ইবেম্মা ইমাখোয়না কৈথেল থোক্লিবসি মতম য়াম্না কুইরে। ঐগী মুপাদো লৈহিত্রে অদুদগী ঐনা কৈথেল অস্লি থোক্লগা মচুদগী ফংলকপা, ফংলকপা শেল অদুনা ইচা মুপা অনী মুপী অনী লাইরিক তমহল্লিবনি।

২শুবা মুপী : - ঐখোয়গীদি ইবেম্মা মুপাস্থ লৈ শেল খোকপা থবক অমত্তা তৌদবদগী চন্না হেনগদবাগী শরুক কৈথেল খোরক্লগা চা-বোরা থরা য়োনগে হায়রুনা খোয়রক্ল-বনি। মুপানবু শেল থোক্লবদি কৈদৌনা মুমহায়না খোক্কনি মুপাদো য়াম্না ভাব তাদে ইচা ইরাসে কত্তে হায়বসে মুকহায় হায়নিঙদবনি অদুদা নখোয়না হংবগী হায়বনি। য়েংউ খুত্তা মাইদা তারিবা দাকশিং অসে ফুবগীনি।

থারিক :— করিগী ফুরিবা মরম করিগীনো নহাক্কী নরাল করিনো? মহুস্থ তাশিদনা।

৩শুবা :— এঃ ইবেম্মা মুপানা ফুববু ন্না ওইনা তৌশিন্নে চাক থেংলে ফুই, এঞ্জাং হাউত্রে মফুই চংথোক্লগা মঙ্গোল ওইরক্রে মুপীদা মফুরৈ। কৈথেলদা নোক-খেদনা ঐখোয় ফম্নীবসে ঐখোয় মুপানা হোরেল উরদি ফূবস্থ য়ারিপোংনি।

থারিক :— মুপানা অদুম হায়না ফুবা চৈবস্থ ইমাখোয়না ঐখোয়না করি খল্লি হায়বদি শাওনিঙত্রা ?

১বা মুপী : — শাওক্লতুনা কৈদৌনি মুপানিনা ভমুনিনা মরম লৈত্র-বস্থ পংফু ফুরিবনি হোরেল হুম্নরক্লগা মরায়না ভাব তাজনি হায়দনা ঐখোয় করিস্থ খোশাদে।

২শুবা মুপীঃ—করিগী খোশাদনি ঐদি য়াম্না শাওনিংই শাথ্রবা কৈথেলগী মুংশাসিদা কৈথেলদা পোৎ য়োল্লিবনি

অতুদগী কৈথেলদা কুমখ্রগা করিস্থ নত্তবা য়া অমদগী
মখোয়না শাওহনা ফুবদো ঐদি য়াম্না শাওনিংই।
নহান নোংমদি নখোয় তাদহু ঐঙোন্দা ফুবগী ঐনা
মখুত্তা চীকপদগী হৌজিক কাওবা মকম লৈরিবনি।

মখোয়ময়াম য়া—য়া নোকই। চা বোয়া খেচি, মখোয়না য়ারবা মতমনা চায়, তাশ শায়বম্ন য়াওই, করিগুম্বা পোৎ শিল্লক্রুবদি। ইমা ইবেলশিংগী মুপী কৈথেল য়েংবদা সংসার অমনি।

থারিকনা শিলাগা য়ারী শাই মুপী ফুবগী চৎনবী পথাপ অসি কুইনা চৎনরক্লবীনি পাক মুৎথৎপা য়ারোই। অতুবু শিলানদি য়ানিংদে হায়। মসি য়ারিবমখে মুথৎনবা হোৎনগদবনি। শিলাগী য়াখল কোং-কোং শারবা ঈ খেগৎলক্লিবা নহারোলগী য়াখলনি মতৌদি পোমশাৎনবী লৈহাও লৈরেলগুম্মী, তোঙ্গানৈ চীনগা থুৎকা মায়বীনি থবক শুমিন-চৎমিন্নবা মুংওাই অতুগা থারিক্তি চীং লেম্মী য়াখল লুমই তয়াং তশোয়নদে থঙ্গায়ৈ অনীসিগী খেন্নবসি অসিনি। দেবেনগা শিলাগা অনিগী মুংশিনবা য়াম্না মায়বা মপংগী মুহোংবা অমা ওইগদৌরি। থারিকনা শিলাদা তত্তনা টনশিল্লি মতম চারিবৈদা থুনা লুহোংনবা তৌরো। দেবেননা শিলাগীদমক মুমিৎ থুদিংগী প্রজেনত্তেসন অমমম পুবকই। হৌ-জিক্তি মহাক্না শিলাবু অম্ভম-অম্ভম চিংশিনখবে। অতুগা থারিক-কীদমক জামীলিনা হৌদোক্লম্বা য়াখল অতুমদি ঈশিং মনুংদা লৈতুম

থাদবগা চপ মান্নখ্রে। হৌজিক থারিক থবকলোমদা পুক্নীঙ থিংজিল্লি।

ললিতা হান্নদগী ফিভম থরা কগৎলে। একাউন্ট ট্রেনিং পাস তৌরে। ওফিসকী থবক্তা পুক্লিং চংবী চংখোনবী মুপী হায়বদো মহাক য়াম্না থুনা ওইরে। একাউন্ট ওফিসারগী পোস্ট ক্রেএসন লাকপদা ললিতাবু প্রোপোজ তৌবীরে।

ওসিদি মেরাগী তরামরিনি পানবনি। থারিক্কী শুমাংদা শনারৈ য়াম্না শাৎলি। থাবল কবা মুমিদাংসিনা শনারৈ শাৎপা য়েংবা য়াম্না নুংঙাই ওসিগী মুমিদাংবাইরমসিদি অইংবা মুংশিৎসু শিৎলি। থারিক্কী য়ুম অসি মমাংঙৈগী দলান মথক মথানি মথাদা চাথুম অমদি ইনে লৈ মহাক্কী কা অহুম্নী থারিক মথক্তা লৈ মশা মুঙায়-তবগী মওংনি। চাক নিংথিনা চাদে মথাদা মনেদো মুংশা থি, করি তৌরবা জাৎনো চাক চাবসু কুমথরক্রে। থা ২/৩ অমুম্না থারিক হকচাং মমুংদা করিগুম্বা অহোংবা অমা লাকপনি মসিবু নুমিৎ খুদিংগী নাবদি নত্তে, থা অমগী লোইরমদায়দনি থা পান-খৎলকপা মতম খুদিংনি তারিক্কা থাবানগদি হেক-হেক চানগন্দে। তারিক্কা চানরবসু থাবনদি চান্নরি পুনিমা খুদিং থারিক মাগী খোংকাপ লাকপা মতমনি থাগী খোংকাপ অসি লাক্লমদায়দা অসুম্না নারিবসি করিগীনো থারিক মশামু খঙজদে। ডাক্তরদা পাক হেক তান্নগদবসু ইকায় হন্নোই, খন্দি খনবনি লেদি দোক্তর অমদা তান্নগে। ওসি খঙহৌদনা অনাবা অসি খঙহেন হেন্নংলকই

হুমাং অনপ্পী কাংলে রা ভাংবস্থ ওমদ্রে। থারিক তেবল মথক্তা লৈবা ঈশিং লায়গা খজিক্কং থক্কে খনবনি অছু ফাওবা ওমদ্রে। ভায়হাক লৈরগা চাক চাবা মতম ওইরে হায়দুনা ইনেনা মথক্ত কাখৎলকপা মতমদা থারিক কৌবা ভাংবা অমত তাদনা উ প্রাক্সা হিপতুনা অনাবা খাংদুনা লৈরম্মী। ইনেদু নুংশা থিরে অমক্ত নাদবা মীনা নাথোরকপসি অরুবনি। ইনেদু কোয়লাং লাংই থুদক্ত ডাক্তর অমা কৌরুনবা মী থাপ্রে। মখোক্ত মথুং পায়দুনা য়েংই থোঙদোলদা খিতং ইংই। শাহম্নবা হোৎনৈ ঈশিং অশাবগী বেক পুরকই। থারিক খিক্কং খিক্কং ফবগুম তৌই মনেনা হায়।

" ডাক্তর লাক্লনি ইবেম্মা "

" কৌত্রবস্থ য়ারম্বনি ঐখোইনা কম্না নাব নত্তে "

" য়েংথোকশি ইবেম্মা " ইনেদি ইপা পাখংলি ডাক্তর য়েংলগা হিদাক লাংথক খর তাহৌসি

ঙৈহাক্নী মনুংদা থোঙ্গালদা ডাক্তর রনবীরগী গাড়ী থাম্নরে। ইনেনা মহাকপু তরাম্না ওকলি।

" লেংশিনবীয়ু মথক্রোমদা কারসি "

ওসি ইহান হানবা ওইনা থরিককী তুমকম কাদা ডাক্তর অসিনা চংলে। মমাংদা কনাগুম্বা মুপা অমত্ত অসি—

গুম্বা ফমুং কা অসিদা চংখিবা লৈত্রি চৌক্ত্রি অমা চিংশিল্লগা ফমুং মনাক থর নক্লা ফম্মী ডাক্তরনি ম্না ঙাংবস্থু চাওনা চাওনা তুম্বক তুমবক ঙাংই।

"নাম্বিসি কদায়দনো লাইহৌ য়াঙব্রা"

"লাইহৌদি য়াওদে পুক্লা নাবনি"

"কৈদৌঙৈদগী হৌই"

ডাক্তর রনবীরহু থাম্বিকতা অহুক হাক্লা ব্যবহাবদি তৌগ্রে মরমদি যেংনবদা থাম্বিক্তি অঙাংনি চহিদা হায়বস্থু থবক্ত হায়-বস্থু থবক্ত হায়রবস্থু ইহান্দ হানখ্রবদি। ডাক্তর রনবীরগী শাওং শদাদি ম্নাং চাওই লুমাং অমদি লুথম পোকনা অয়াম্বা ওইবে মচাদি পাখঙ-লৈশাবী ঙাক্লা ঙাইরে মগুদি লৈত্রি। ময়ুম-দা মুপী অমক্তনি লৈরিবসি অদুবু তোঙান তোঙানবা মফমদা অনি অমস্থু লৈ হায় পুম্না মচা তরামঙানি। মাগী থোই-দোকপা গুন অমদি মুপীনা য়াগল্লী। য়াম্না হৈবা ডাক্তরনি হায়না মমিংস্থু চৎপনি শেল তানবস্থু য়াম্না হৈ অনাবা যেংবা চংকল্লি।

থাম্বিক তু উপ্রাক্লা হিপলম্বদগী হুজিক লোংনা হিপলবনি ডাক্তর এসতেসকোপ পুথোক্তুনা মিহুল মাহুনা য়েংই। চহি নিফু হেল্লবী থাম্বিককী হকচাং কয়াৎ থুদিংমক মপুং ফারবনি। হেম্ন চীং লেম্মী নারগনা অমুকস্থু হেল্লি। রনবীরনা য়েংবদা মুগায়না শাংগী থম্বালগুম নিংথিরম্মী। ডাক্তর রনবীরদো

মুপাদি অশেংবা মুপানি মুপী ওম্মোকনা মুংশি হৈগ্রবা কোয়বু কোয়কুরবা নাম্বোক্লুনা চেনবম্ব হৈতে " ঐনা লোরনি " হেক্তা হায়গনবা অতুগুম্বা মীতানি। ডাক্তরদো গুসিদি মিহুন য়েংবা হায়কেং কুইনা য়েংই শোকফম থোক্তবা মকমদু খিজিক্তং শোকুম ত্তোই। মসিদি থারিককতি পুন্সিগী অহানবা ওইনা কনাগুম্বনা শোক্লবনি। ডাইহাক লৈরগা রনবীরনা হংই থাগী খোংকাপ লাকপা মতম ওইরম্লনি।

'ওইরে' থারিকনা থুমই
অতুননি পুক থরা নারিবদু ঐনা ইরিবা হিদাকসি চাও,
করিসু ত্তোরোয় মরনাইনা ফজনি

ডাক্তরবুদি ডাক্তরনি হায়ববু মাম্ব থওমনগ্রে, থারিক্লা থল্লি। রনবীরনা থওলিবনা থরিক্কী হকচাং পুম্বা ফোং-ফোং শাই থবাক হৌনী অতুগা পুক নারিবসিদা ভাবনা শাহনা হেক্ত হায়বনি। অসিদগী হেনবা থরম্ব ডাক্তরনা থংলি মতুদি মুপীগী খোংকাপ লাক্লমদাই হায়বদি ওবারি অনীদগী মথো ত্তোখিগ্রবা ওবান অমদি উমেনগী শিংলি মচাশিংনা মপুক পিক-পিক থনগংলক্লুনা থা অমগী মতুংদা মপান্দা থোরকই মসিনি মুপীগী থাগী খোংকাপ হায়নবদু অসিগুম্বা মতম অসিদা মুপীশিংনা থবক্ত হৈনিঙদব্না ওলাং ওনশাওবা হকচাং ইতেক তেকপা অহুগা মুংদনা ইখোলাংবা থোকল্লি। ডাক্তরগী হিদাক চারবা মতুংদা থারিককী পুক নাবদু অমুক হম হৌখিগ্রে।

নোংমা নিনিহু ডাক্তর য়ুম অসি হেক হেক লাকই। ডাক্তরগা থারিক হরাও হয়াও য়ারি শান্নবা উৎগা ইনেছুনমু মুংঙাইবা পোক্লি। মথং থাগী থাবল ফবা মুমিৎ অমদা থারিকক। য়নবরীগা উনখি। করিগুম্বা মী খওদবা থৌদোক অমসু থোকনি নোং-জানবদা থারিকনা মাগী মকুপ জামিনি তওায়ফদনা উন্নদবা য়াদবা লৈরে হায়না কৌখি। জামিনিসু থিন্দনা অছুম লাকই অছুবু থারিকনা করিগুম্বা খরা য়াম্না হায়নিঙবগী মতৌদি তৌরগা হায়বা ওমদবা অহু জামিনিনা উরে। থারিকী মমিৎ পীগী ঈরাসু চেল্লি জামিনিনা হংই—

করিদৌরগে নঙবু নমাই নমি ইপোম পোংম্লে, কপলিবনা করিগীনো? থারিকতু করিসু খুম.দ লুকথহুনা করিনোম্মা খল্লে জামিনিনা।

ওসিদি নঙসে মুপী য়াম্না মাল্লেবু অহু হায়রগা জেপ্লম্মই। থারিক্লা হংই—

"নঙ ডাক্তর য়নবীর হায়বদো খঙবরা?"

কৈদৌনা খঙদনি মুপীদা বেরা খর লৈবা মীনি নত্তে

মানা করি হায়রম্নবগে মহু য়াম্না ওম্বা মীনি।

"মানি য়াম্না ওমই চুমই।"

অছুগী মতুংদা থারিকপা থোকখিবা থৌদোক খরগী য়ারি অহু তমলে থাবল ফবা মুমিদাং অহুদা মুংশি মুংওনগী

লম্বী নত্তবা অপাম্বগী ময়ায় ওইহনা মহাকপূ খুদ্রম চনখিবগী ৱারিহ্ন তারগা জামিনিস্ন কম্নী, মখোয় অনী কপমিন্নৈ।

মতুং অসিদদি কদোমদগী শন্দোরকপা পাওনো খঙদে থাবিক্কী মরমদা কম্না ঙাংনরকই কনানা হায় মহাক চেন্নুরে অমুক হন্নকপনি। কনানা হায় ডাক্তর রনবিরনা অঙাং ওইরিবৈদগী কোয়নরকপনি হৌজিকস্থ কোয়নরিবনি। অচুম্বা মরিক অমম্ফাওবা য়াওত্রবা ৱারিশিং অসি জামিনি নত্তনা অতৈগীদি য়াম্না মুংঙাইরবা ৱাবি ঙাক্তনি। থারিকপূ মুন্না মশক খংবদি জামিনি মথস্তনি। মাদনি থম্মোয়দা কপ্লিবস্থ মুপী মপোকনি কয়াদা তোনগ্রবনো, মুপীশিংগী পূন্সি অয়াম্বা 'লমথাংদা অস্থম্না হেক-হেক মোৎহল্লি। মুংশিবা য়াওদনা ডাঃ রনবীরগা করিগী মীৎদা থিরবা থবক অহ্ন তৌকুবনো।

লোইরবা

